# অঙাঙবা গুলাপ




অজোম সরিতা দেবী



BY ..............................

**Agangb[illegible] Bu[illegible]la[illegible]**

A collection of 74 Manipuri poems
by Angom Sarita Devi, Imphal.


অহানবা ফোঙবা : **অগষ্ট, ২০০৩**

কোপি মশিং : **৫০০**

অফোঙবা : **মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি,**
ইম্ফাল, এসেম্বী রোড কীদমক
অঙোম নিংথৌনা ফোঙজবা

টাইপ সেট্টিং : **ঐক্য্যা কম্প্যুটর প্রিন্টিং সেন্টর,**
উরিপোক-নাওরেমথোং, ইম্ফাল।

নম্ফম : **লময়ানবা প্রিন্টর্স**
কোনুং মমাঙ, ইম্ফাল-৭৯৫০০১

মখুম : **এম. এল. মোইরাং** (মোতিলাল)

মমল : **লু: ৫০/-**

লাইরিক ফংফম : ১। **মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি,**
ইম্ফাল।
২। **অইবীগী য়ুম, ফয়েং।**

ইমা বাবাগী চরন্দা অমদি

সাহিত্যবু নুংশিজবা খ্বাই তরাগী মফমদা

কচচরী ''**অভাভবা গুলাপ**''

# জোইন্ট সেক্রেটরীগী ৱারোল

খৃঃ কুম ১৯৮৫ ইংদা লিংখৎচখিবা ''মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফালনা সাহিত্যগী থবক তৌজরকপা চহী ১৮ মপূং ফাগদৌরে। সোসাইটি অসিগী মরুওইবা পান্দমশিংগী মনুংদা সোসাইটিগী মেম্বর অমনা লাইরিক ফোঙবদা পূক্নিং থৌগৎপা হায়বসিসু অমনি। সোসাইটি অসিনা অইবা-অইবীগী মশীং হেনগৎহন্দুনা সাহিত্যগী অনৌবা মহাও পীবা ঙম্বা খুদোল কয়া মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্কেদা হাপচিন্নবা হোৎনজরক্নি। মণিপুরী অইবশিংবু পূক্নিং থৌগৎনবা অমসুং হেন্না মগুণ লৈবা সাহিত্য পুথোক্লবগীদমক চহী অনি/অনি খূদিংগী পীগদবা 'সেরাম মুক্তা মনা' খৃঃ কুমঃ ২০০১ ইংদগী পীবা হৌজখ্রে। সোসাইটি অসিনা খৃঃ কুমঃ ১৯৮৬ ইংদগী 'সাহিত্য লৈচল' থা ৬/৬ খূদিংগী ফোঙবা সাহিত্যগী চেফোঙ পুথোক্লুনা লাক্নি। হৌজিক ফাওবদা সোসাইটিগী পব্লিকেসন মখাদা ৱারীমচাগী লাইরিক ৬, শৈরেংগী লাইরিক ১২, ড্রামাগী লাইরিক ২ অমসুং উপন্যাসকী লাইরিক ১ পূন্না লাইরিক ২১ ফোঙখ্রে।

হন্দক পুথোকচগদৌরিবা অঙোম সরিতাগী শৈরেং লাইরিক 'অঙাঙবা গুলাপ' অসিনা ২২শুবা সোসাইটিগী পব্লিকেসন্নি। শৈরেংগীনা ১৩ শুবনি। অইবী অসিগী অহানবা খুদোল ওইরিবা শৈরেং লাইরিক অসিদা মণিপুরী সমাজগী নোংম নোংমগী মোৎশীল্লক্লিবা ফীভম মীওইবগী মরী মাঙশিল্লকপা, লালহৌগী অৱা চৈথেং অসিনচিংবা কয়াদগী পোক্লকপা অইবীগী পূক্নিং ৱাখলগী মপাউ কয়া তাবা ফংবীগনি। লাইরিক অসি মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচৎতা করম্বা থাক্তা থম্বা য়ারবগে হায়বদু লেপ্লীনবা অপাবশিংগী খূৎতা শিন্নজরি।

চোংথাম নন্দা দেবী
*জোইন্ট সেক্রেটরী*
মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি

# অইবীগী ৱারোল

ঐনবু করি গুমগবনো, ওজাশিংগী থৌজাল, ওজাশিংগী মিনুংশি, ওজাশিংগী কৃপাদগী লাইরিক অসি পুথোকচবা ঙমজবনি। লম অসিদা ঐদি খ্বাইদগী পাণ্ডজদবা খ্বাইদগী শোনজবা মীশক্তি। শৈরেংগী মশক মগুণ করিমত্তা খঙজদে। লম অসিদা ঐনা থেংনরুবা মী খুদিংমকসু অৱাবা পীদবা অমত্তা য়াওখিদে, লোইনা অৱাবা পীখি। ঐগী ইথুঙং ঐগী ইরৈকাইদদি তশেংনা ঐদি লাইবক থীরবা নাইতোম তাররুবা মীশক্তী। ঐগী তানফম ঐগী লমজীংবীনবা কনা লৈরক্তে। মায়গৈ চুম্না লেপ চবা ঙমদনা মতম পুম্নমক্তা পুক্নিং নুংশিনা শৈরেংশিংগা কপমীন্নদুনা লেম্লকখি। করেম্নবিবা মীওইনা থানবীদবা কয়াসিগী মরক্তা লোংনা, মীঙোন্দা শৈরেং ই হায়বা ফাওবা খঙহন্দনা, ইনিংবগী ইথিল কয়াবু নমশিন্দুনা মতম কয়া কণ্ডাওননা লৈরকখি।

ঐনা শৈরেংবু নীংথিনা শক খঙলকপসি 'পোক্নফম' পাউ-চেগী মতেংননি হায়বা য়াই। চেফোঙ অসিদা ফোঙবা শৈরেং কয়া পারুবদগী হান্না প্রকৃতিদা য়েংলম্বা ঐগী মীৎয়েং অদু ইমাঙদা উরিবা তারিবা সমাজ অসিগী থৌদোক ৱাথোক কয়াশিং অসিবুসু য়েক্লিংবগী ৱাথল ফাওরকখি । অহানবা ইথিবা খুৎইশিংদু পোক্নফম চেফোঙদা হাপ্নীনবা পীশিনজখিবদু কৈশামপাৎতা ওফিস হোংদোক হোংজিন তৌবা মতমদা মাঙখ্রে হায়না তাকপিরকখি। ইশাগী ওইবা কোপি অমা থমহৌদবগীদমক ঙসি ফাওবা নিংঙমহৌদবগী চৈনা কোক্তরি। মতুংদদি তামো সুধীর নাওরোইবম মশামক্না চেকশিন্না য়েংশিনবিদুনা বনান্নচিংবা শেম্বীদুনা চেফোঙসিদা চাং নাইনা হাপ্নীরকখিবনি, মতুংদা ঐগী শৈরেংবু খবরদা থেংনবিরকপদগী তামো থৌদাম নেত্রজিৎনা ঐবু থিবিরক্তুনা থৌনা কয়া হাপ্নীরকখি অমদি মাগী মফমদগী লাইরিক কয়াসু পাবা ফংহনবিখি। মসিতসু নত্তনা মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটিদা পুশিনবিরক্তুনা মতীক চারবা ওজা কয়াগা শক খঙনহনবিখি। মসিগী লমনবু করিনা শিংগনি । পুম্নমক্তগী অমুক নুংঙাইজবদি ঐগী অহানবা ওইনা পুথোকচবা শৈরেং লাইরিক অসি মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটিগী মিংদা ফোঙবা য়াবীরকপা অসিনি। মসিগীদমক মরি লৈনবা সোসাইটিগী মীওইশিংবু হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচরি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শৈরেং অয়াম্বা খৃ: ১৯৯৮ ইংদগীনা চৎলিবা চহী খৃ: কুম: ২০০৩ ইংগী মনুংদা ইখিবা অমদি 'পোক্লফম' খবরদা হাপখিবা শৈরেংনা অয়াম্বনি। মসিগী মনুংদা 'অমম্বা' অমদি 'খোঙচৎ' হায়বা শৈরেং অসি 'কলম' না পুথোকপা খোমজীনবা শৈরেংগী লাইরিক 'অয়ুক্কী নাচোম' দা হাপচপ্রবনি। লাইরিক ওইনা ফোঙদোকচবা মতমসিদা শৈরেং খরদি ব্রাহৈ ব্রাতা কয়া শেমদোকপ্রে, শৈরেংগী মমিংফাও ওনবা য়াওপ্রে। মসিগীদমক মরী লৈনবশিংনা ব্রারৌবীদনবা হায়জরি। শৈরেং অসিনা মেনুম্ফুপ ওইনা লৈরিঙৈদা ওজা বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম, ডা. লনচেনবা মীতৈ, তামো থৌদাম নেত্রজিৎ, দোনেশ্বর কোন্সমনচিংবা কয়ানা কৃপ্না পাবিখি। খ্বাইদগী থাগৎচনিংবদি সোসাইটিগী এডিটোরিয়েল বোর্ডকী ওজাশিং চিয়ারমেন শামুরাইলাৎপম প্রহ্লাদ শর্ম্মা, জেনেরেল এডিটর অথোকপম খোলচন্দ্র, জোইন্ট এডিটর মায়া নেপ্রম, ডা. খুন্দোংবম গোকুলচন্দ্র, ডা. ঙাঙোম একাশিনি দেবী, অহৈবম কৃত্তমালা সিংহ, নি দেবীনচিংবা ময়াম্না অশোয় অঙাম কয়া কৃপ্না তাকপিদুনা শেম্বীখি। ওজা খোলচন্দ্রনা ইশাগী অচিনবা কয়াবু কাইথোকপিদুনা শৈরেংগী ব্রাহৈ ব্রাতা অথোই অহেন, অব্রাৎ-অপা অমদি বনাম্নচিংবা শেম্বীদুনা লাইরিক্কী মওং তাননবা কন্না হোৎনবীখি। ওজাগী মফমদা শিংবা ঙম্নরোইবা চাউরবা লমন তোনশিঞ্জরবনি। টাইপ সেট্টিং তৌবীখিবা "ঐজ্ঞা কম্প্যুটর প্রিন্টিং সেন্টর"গী ওজা কোংব্রাইলাৎপম নিলচন্দ্র শর্ম্মাবুসু থাগৎচরি। লাইরিক অসিবু নম্বীখিবা লময়ানবা প্রিন্টিংসকী ইবুং ইপ্বা পূম্নমকপুসু থাগৎচরি। মখুম য়েকপীখিবা তামো এম.এল. মোইরাং (মোতিলাল) বু তৌবীমল খঙবা উৎচরি। লাইরিক অসিবু ফোঙবিখিবা ঐবু পোকপা বাবাবুসু ইকোক নোনজরি।

ঙসিদি খ্বাই মীয়ামগী মফমদা ঐগী 'অঙাঙবা গুলাপ'' শিন্নজরি। শৈরেংবু নুংশিবীদুনা লৈবাক খ্বাইনা চিল্লবা মতমদগী মীকুপ খরদং কাইথোকপিদুনা লাইরিক অসিবু মপূং ফানা পাবিরবদি ইজমনগী মহৈ য়াল্লে খঞ্জগনি।

অইবী

# শৈরেং /লম্মায়

## শৈরেং /লময়

# লাংদা থুরবা ঙা

থংচীন্নক্কি মায়কৈ মরিমক্তগী
লৃ-লাং থাক্লুনা।

ঙাইরি,
তোর্ব্বান্দনা
লোঙ পায়দুনা,
শেন্নরি ফা-নবা ঙাদুবু।

থুরম্মী,
চেনফম লৈত্রবা ঙাদো
লাংদুদা ।

ঙা ফাবা  নুপাদো
নোকফেৎ তৌনা মতিন য়োৎলি ।

অফাবা মকোই নাস্থরগা
খৃৎচাউদুনা কীৎ নম্মী
অদুগা
লৈমায়দা পোব-পোব হাইহৎলি।

ঈহীং-নাহিং শারবা ঙাদু
শিঙম নাঙমদনা
ফ্রীং ফ্রীং চোংলি।

## শক্তিন

শক্তিগী থৌরীনা থাঙশাং পায়দুনা
লুপাগী লৃহুপ উপ্তুনা,
পুরি-
উনা উনা মীৎ তাঙলবা
তানা তান 'না পঙলবা
খোঙ-খূৎ তেক্লবা কয়াবু য়াচল লাক্লুনা।

লাউরি অশিবনা
অহিংবগী খোঙজিন্দা লেপ্তুনা,
ফংহনবিয়ু অমুক্তং শ্বর হোনবা
হায়জরোই অতৈ অমা
থাবিরক্কনু চাকথাকসু।

শেলগী খুরুম তোংলবা
খোঙজাওদুনা নেৎথখি
খাঙেনফমগী থব্রায়শিং।

# ফাদোক

চাখিবনি হূরান্দুনা
য়োংজাউ নিংথৌদুনা
পৈরিবা চীঞ্জাকশিংদো
মতূ মচা কয়াগা ।
হৌরকখি লান,
মফমদুগী তাকু
মপূক তৎলবা উচিশিং ।

থৈদোক্লবা মরালদো
য়োংজাউ নিংথৌদুনা,
থেমজিলশন্নে উচিবু
পীনী নঙগীসু শরুক ।
মীনম্লদুনা হায়—
ব্লাকৎলিবসু লমহূইদা
ব্লায়েল্লিবসু লমহূইনা
লৌতুনদুনা য়োংজাউগা
অমত্ত ওইখি অনীসু ।

ব্লায়েনবগী ওইদবা ব্লায়েন্দা
অঙম্বগী অরানবা বিচারদা
মীচঙ লৈত' উচিনা
মশানা মরাল য়াজনা
তাখিবনি ফাদোক ।

# হঙোই

চোংলম্বনি চোংনীংবদা
ফন ফন,
খোংলম্বনি ইখৌ পোঙনা
গো গো
চাউদ চাউরিঙৈ শামুমুক
তোংলম্বনি অতোঙবদা
কল্লিঙৈ কিরমদে কনাসু।

ইকুম ইথা ঙাইবসিদা
পীক্ত পীক্লে লাংহীকমুক;
লৈকূৎ লৈরায়সিদা
ইরূ - ইয়াং হীকথরে।

জীবনা জীবনি উবীদ
থব্রায়না থব্রায়নি খনবীদ
খোংনিংবসু খোংঙমদ্রে
ফোৎচিনথ্রবা ইচীনসে।

# শরৎ পোলাং

নওগুম্বনি ঐসু
মীৎ অনী পাল্লিবা
উননবা,
নাকোং অনী পাল্লিবা
তাননবা।

নাতোন পাল্লিবা
শ্বর হোন্নবা,
চীন পাল্লিবা
ফোঙদোক্লনবা।

খূৎ অনী পাল্লিবা
থবক্কীদমক,
খোঙ অনী পাল্লিবা
চৎননবা মফম খূদিং
নীংতম্না।

অদুবু শরৎ পোলাংনি
শিংলীদা অঙাঙবা ঈ চেল্লিবা ।

# সনথোঙ

মমাঙ থোঙদি লোল্লি য়োংকী
মনীং থোঙদি হাংলি লৃপাগী।

লীক্লম লীখুন খঙবনা
চঙখি হূৎ হূৎ হূৎতুনা।

হনখি,
খঙদবা কয়ানা
নীংবা কায়বা খোঙথাংনা
লোল্লিবা থোঙদুবু উরগা।

ঙাইরী,
কনা অমনা
হাংলকপদো মমাঙ থোঙদুনা।

## মি

শান্নরঘ্বনি অঙাংশিংদুনা মনীংতম্না
অশীৎ অন্নান্থাগী
অঙাঙবা লৈনানা চাইরবা লৈমায়দা
তুংদা ইন্নরিবা অমুবা মিদুবু নাচুংলুদনা
অঙানবা মচেৎ খরদুদা।

মশাদগী
মিনা হেন্না ময়েক শেংলক্লবদা;
মমশীল্লক্লবদা,
মশানা মশাবু উজবা ঙন্নক্লবদা
ভূমথঙ্গ্রে,
তনৌরবা হকচাংশিংদো
ঈ থাংদ্রবা মশাদু তাশিন্দুনা
থোক্লরোইদবা মিকপ্পুগী
মঙ 'মদা নীঙাইদনা
কৃপশিনখ্রবা মিদুগী মনুংদা।

# অঙাঙবা গুলাপ

অনৌবা চহি,
লাক্লে নঙদি
ঈং-তপ্পা
অনৌবা ফিজোল শেংতুনা।

অদুবু
কনা খঙদ'নঙনা
পুরক্লি লোন্না
চীনবান্দা মোমোন নোক্লা,
থৌরবা তিংখংনা য়োম্নবা
অঙাঙবা মচুগী গুলাপ ।

লৌথোক্লুনা
ঈং তপ্ন' লৈতেংশিং
নাস্থহন্দুনা
নশাদা থোংলিবা নফিশিং
মথং মথং অমমমতা ওইনা ।

# মৈনুং

অঙাঙবা নোংমৈ মরূনা
মৈরা ওইনা
চাকখৎলক্লিবা মৈরীসিনা
কোয়শিল্লক্লি অসুম
পীক্লবা কোরসি থুংনা
খুবৈ অমগী লম
হেন্দোকপা ঙমদনা।

অঙানবা পূম্বা চূপশিনথ্রবা অহিংনা
অমম্বদা চাক্তাবা,
লূপাগী খোন্নাংনা
মপূক থল্লবা মখোয়দি
তূগ্রী নাখোক্তুনা ।

অশিবনা অশিববু
লাইবক্তা তাইশিন্না
চাকহল্লসিরা মৈরীসিদা ?

মৈরীদুবু পামজবা মৈরানবী
নঙদি হিংখো ,
শারো জগোয় লৈনা লৈনা
ননীং থুংনা ।

# এক্স-গ্রেসিয়া

থুংলবনি মীথুংশঙদা,
থব্রায় য়াওদ’ হকচাংসি ।

জাৎ লৈতে মীথুংশঙগী
হান্না থুংলম্রবা মখোয়না
ওক্রুম্মী ঐবুসু তরান্না
মোর্গকী অমম্বা কাজাউদা।

ওনখি,
অঙাঙবা শাদোঙশিংনা
অঙৌবা লুপাগী এক্স-গ্রেসিয়া

# উচি

খাঙবা ঙমদ্রে
মবূক তৎলবা উচিনা,
তেবল চৌক্রি ত্রেজরী ফাইল-নুং
চীক্লা থবক শূবা য়াদে।

লাক্লগে খন্দুনা
মীঙোন খূদিং হায়জে,
হায়জরুবে অৱাবা উবিদুনা
পীরকই,
হৌদোঙ অমু অরাংবা।

লুনা তৌই, নুংঙাইনা থম্মী ।
চৎখিদনবা অমদি চৎনীংদনবা,
চাগদবা শরুক্তে
মঙোন্দা পীজে
শঙ্গোম পীথকই
ঙা পীজে।

নোংমা নোংমগী
অমা হাৎ, অনী হাৎ
উচিগী মখোল তারক্লে
ঈংলে
শান্তি ওইরে।

অদুবু,
তেবল মথা, চৌক্রি মথাদা ফমুং কাঙথদা
অমু-অরাংবনা চারিবা মখোন্দুনা
হেম্না ব্রাই চিলহল্লি
নাকোং মেনশিন্দুনা খাঙই
চীক্লা ফম্বা চঙদে।

# অরোইবা

নীংতম্রে ঙসিদি
অকিবা হায়বা
অমা অমুক লৈতরে ।

মীনা মীবু লাক্ল-লাক্লনা
মম্লবা শারঙদা
ষন শানা কূন্দুনা
খৌরী চরম মেৎতুনা
হিংনীংদনা হিংলম্বনি।

ঙসিদি,
অশিববু ইশানা য়াজনা,
মচু লৈতনা মীৎ তাঙলবা,
লোন থোক্তনা বিচার লৈত্রবা,
অথিংবা য়াওদ্রবা
য়াথং ফংলবা নোংমৈ মরূশিংগা
লোয়নদুনা
ইনীংতম্না শাম্নরী।

# অমম্বা

উবা ফংলমদবা নুংশিংকী মচুসু
উবা ফংলক্লে
মীৎ পাঙনা পাঙনা।

অমম্বনা ক্রক ক্রক লাকশিল্লক্রবদা
য়ানীংদা য়ানীংদা নমদুনা মায়থীরে
অমম্বগী কুয়োমনুংদা।

পোকপদা ঙায়রিবা অঙাংদগী
শিনম নম্বা মতম ফাওবা
পীক্ত পীকপদগী অচৌবা ফাওবা
ইফোং হেক ফোংনা
ফূরিৎথাউ চপ্লি।

ফীভম চাদ্রবা মফিশিং
লোইশিঞ্জবা ঙমজদা
হূরানবা মশেলসু হূরানবা তাম্নে।

# অরোনবা

আশা অমগী মরুমদা
নীংঙমদবগী, পেন্দবগী,
তুপ্ত্রবদা, তুরোই ঙান্রোই
কায়রক্রবদা মচেৎ-মচেৎ
মৈগী চীংনা।

মমা ওইবী কয়ানা
মচাগী অশিবা হকচাংবু
উরগা কপত্রবদা
নোকপা ঙম্রক্রবদা;

মকোক মরু পান্দ্রবা
নাকেন্থাগী সঙ্ক্যাদা
খূৎকী মৈরানা মুৎখ্রবদা;

থোকহৌরনি
অঙাঙবা নোংজাবী মরক্তা
স্বাধিন্তাগী নুমিৎনা
অচীকপা মোংফমথক্তা মদোম
অনৌবা পৃথিবী অমগীদমক।

# ঐগী কলম

ঐগী কলম
ঙসিদি মরোল থোক্লে;
ইফমদা বন্দি ওইরবা মহাকপু
থিংবা ঙমদরে
মনীংতন্রে।

ইপূক্লিংনা হায়বা থোক্রবা
ইচুম-চুম্না খোয়হন্দুনা
থৌনা পূম্বা নমথরিবা
ইবা ঙমহন্দ্রবা ব্রাহৈশিং
ইনবতা হোৎনরী মহাক্না ।

# থাজরক্ত্রে

ঐ হৌজিক শিরব্রা
নৎত্রগা
হিংলিব্রা, খণ্ডদে;

অহিংবা অমা ওইনা
মীয়াম মরক্তা তিল্লী, চৎলি ।

অদুবু,
শুকখণ্ড হেক খণ্ডদনা
চৎনা চৎনা, নোক্লা নোক্লা
খূদকসিদা শিবা য়াই
শিনি খণ্ডদনা।

মরমদি,
শিকারীনা মী হাৎপা থিংদে
দণ্ডি লৈতে
অদুনা,
ঐ হিংববু তশেংনা থাজবা ঙমদে।

## লম্মী

(হৌজিক ওইরিবা শক্তম)

মতৎ মতৎ তৎলবা,
খুনমৈগা খুঞ্জিলগা শম্নদ্রবা
ষল্লমসিদা,
ষন খোঙ্গুলসিদা;
শান্নরী,
মপূক নোয়বা হঙোইনা
চেংখৎ-চোংথ।

ইঙা কুমদম ঙাইবদা
পীক্ত পীক্লুরবা জীবদো
ঈশিং য়াম্বা কোমজাউদা
চেং-চোংদুনা
মখৌ পোঙনা খোংলি।



# ঙারী

মশীং খঙদনা
ইথকসিদা বুতনা
হঞ্জিন হঞ্জিন নেৎলবা তুংদা
চফু মনুংদা
মখূম কৃপ্পুনা
নমশীন-শুজিন্দুনা থম্বিরী।

মতম অমদদি
লৃরবা ঈপাক্তা
নীংতম্না হিংজরম্বনি,

অদুবু,
ঙসিদি ওইরে
খূদুম চনখ্রবা পূন্সিসে
নখোয়গী চীঞ্জাক।

মদুনসু পেন্দ্রদুনা
অমুকসু মন্থীক্লরী।

# শিয়োম্মুংগী নব্রা

থোনবিরনু ইমা
নচাগী হকচাংদা নাউকনফি
য়োমশিনবিরো ঈ তৈরবা নীংথানা
পুন্সিচূপ্পগী।

শিবগী মিয়াৎ তারবা ঐসে
ঈ তৈরবা বলিগী থাঙশাংদা
মোনথাঙনদুনা হীপচরগে
ফি থোংদ্রবা
প্রকৃতিগী তম্পাকথক্তা।

শান্নজনীংদরে চেন চোংদুনা
অমুবা মৈথুনা য়োৎশনপ্ত্রবা
অশিবা নুমিৎকী মঙালদা ।

# মনুং হান্নবা খুবাক

দাইত্বগী খোঙফমদা
ইশাগী অধিকারশিং খোমজীন্দুনা
তঙাইফদবা হক শিন্নজখি;
তিংলবা থম্মোয়গী
মীনুংশি মখৈ চিদুনা
খূবাক চাংজৌ তরা লোম্নরবা
হান্নবা খূবাকুংদা।

অদুবু,
ঈগী মচু ওল্লবা
মতু চোন্নবা খূৎশাশিংদুনা
পুন্সি অমদি নীংতম্ববু
পায়-পায়দুনা শান্নরি,
ঐনা ইথন্তগী
য়াইফ য়ূম্বালগী
হোন্দোরকপা নুংশাশ্বরদা।

## লেম্লৈ

লেম্লৈ ঙানি ঐখোয়
ঙায়োক চক্ষু মনুংগী
ঙসি হয়েং খঙদ্রবা।

লাইজ ঈশিংনা পল্লবা
ইচীনসে ঙাংনীংবসু ঙাংঙমদরে,
মৈথকসিদা
তাইবঙনি খন্না হিংলি।

# অশিব অমা

ঐনা তূন্নি কৃসিগী মনুংদা,
চংলি,
কোয়প পুরদুনা লম্বীসিদা
ফিঙৌ শেংপশিংনা ঐবু
মকোক খুম-খুমদুনা
নুংহীক্লনা।

থংলি, তানখায়রি
মফম খূদিং
ঐবু পুদুনা চংলিবা মীয়ামশিবু
মপুগী মনাই অচানবশিংদুনা।

ইরাল কয়াসু য়াজরী য়ানিংদনা
লোম্লোক্লবা ঐ ওসিদি।

# নোংমৈ

মীগী লমগীদি খঙদে
ঐখোয় শ্বাইসিদি হোঙঙি
নোংমৈ মরূগী মমল।

অশিবদনা লাল্লবা
অশিবগী বিচার লৈত্রবা
থমুং লৈবাকসিদা
ঐ হিংবসু কি
শিবসু কি।

# থিবা

কুইরে,
নোং ঙানথিবদি
থোক্লক্ত্রি নুমিৎতি।

মরুভুমিগী লমদমদা
নোংলৈগী উফুল মরক্তা
কনাগী থোঙ্গুলনো
মীৎতাঙবা নঙনা থিরিবা ?

## লাই অমসুং মী

ঐ,
লাই মশক খণ্ডদে,
অদুনা
ঐ লাই কিদে
মী কি।

## মীনা য়াংপা খয়াং

হায়নরম্মী,
মমাংঙৈ মতম্‌দা
লাইনা য়াংপা খয়াংনি
লাইনা তম্বা লাক্কনি;
অদুবু
ঙসিদি ওইরে
মীনা য়াংপা খয়াং।

লাক্ষপতি, ক্রোরপতিগী
অহাম্বা মকোক্লা
নমশীল্পী
পৈশা মপুন-মপুন।

হিংননবা হিংলিবা
শিদনবা চাবদা শিদৌরবা
ফাষ্ট ক্লাস অমগী
সার্তিফিকেৎতি চম্নফম লৈতে।

নমশিল্পী
অহাঙবা বোল মনুংদা
অদুগা শান্নৈ
খোঙনা কাও-কাওদুনা

## শুভজিৎ

লৈখি নুমিৎ খূদিং,
ইশা পূম্বা
উফুল-রাইফুল পুমতৈ তৈদুনা
বিভুলা চুবমখৈ
নখোয়না তৌনিংদ্রবা
অমোৎপা থবকশিং
তৌরি ঐনা নখোয়গীদমক ।

নখোয়না
অনানবা ফি শেৎলকপা খূদিং
ইশাবু পীক্লা তাশীনজৈ
কাচিন্দা থূপচিন্দুনা
উদনবা লোৎলী।

মরমদি
নখোয়না ঐবু উরগা
চৈথী তথি-তথিনা
দাউ য়ারোই হায়দুনা ।

# অঙাঙবা ফূরা

খুনগী লমপাক্তু
মী চোন্না তিল্লি
লীলাদু য়েংননবা।

নোংমৈ কাপ্পবগী
মখোলনা পূম্নীন নিনখ্রে।

তারি তুম্পক তুম্পক তাশিন্দুনা
অশিবা হকচাংশিং
অঙাঙবা ঈখেং মরক্তা।

থরক হুল্লবা
ভাবক পূম্নমক
মিহুন নেমথদনা
লীলাদু লোইশিনখি।

অমম্বনা লাকশিল্লবা
মফম অদু
ইচীক চীকহৌই।

ঙাইহৌই,
লম্পাক্তুগী চিদাইদা
শীংনদুনা লেপ্লিবা
অঙাঙবা ফূরাদুনা ।

# মণিপুর

ঐ
নঙবু নুংশি
অসুক্কী মতীক।

কপ্নি,
নঙবু নুংশিবগী
মোৎলবা,
নমথিরবা,
ফদী-ফরা মনুংসিদা;
ব্রাহৈ অমত্তসু ফোঙদোকপা ঙমদনা
উপায় শুক্কে লৈতনা
করিসু তৌবা ঙমদনা।

# লোইবা নাইদ্রবা

ঙাইরি,
মরাঙ কায়রবা মোংফম থক্তা
চরাম্নরবা থব্রায়শিংনা
নোংঙান্দ্রিবা অহিংগী
নোংঙানবা।

শিননবা পোক্লক্লবা মীওইবনা
ঙাইঙমদ্রি অশিববু।
মীপাইরি,
ব্রাহংগীদমক্তা পাউখুম্না;
মায়থীগনি খনবগী।

# গাথনী

মচু মচুগী ফিজোন্না
মরোল নাইরবা,
মরেক থাংদ্রবা,
অনম-অহা চুরবা
হিংজোং-কায়জোংনরবা
থব্রায়শিংনা,
নওগী অশেংবা শক্তম
থিবদা ব্রারে।

# লোক অমা কৈ অমা

শান্নরী
লোক অমগী কৈ অমোম্না
লোক অদুদা
কূম্মৈ কয়া,
ওন ওন্দুনা,
হুন হুন্দুনা।

চূরি
মখূত্তা মৈবুন পায়দুনা
চাকহল্লি
লৈরম্নিবা মফমদুবু।

# ঈচেল

ঈচেল নঙননি
তোর্ব্বান নাইহল্লিবা,

তাহল্লি
তোর্ব্বানবু তোঙান-তোঙান্না ।

নঙগী কল্লবা ঈথক ঈপোম্মা
হল্লা হল্লা য়েদুনা
পুরি তোর্ব্বানবু
পুনিংবা মায়কৈদা চেন্দুনা।

নঙগী থোৎলবা
কাওশীংগী তুম্মা
কক কক থিন্দুনা
হোংহল্লী
তোর্ব্বানগী শকওং।

# অনৌবা থৌনা

ব্রায়েনশঙ হায়ববু করিনো ?
ঐ খঙদে
ঙসি ফাওবদা ।

ব্রায়েনশঙনা মীহাৎপবু
দণ্ডি পীব্রা ?
ফাঁসি তৌখিব্রা ?
ঐ খঙদে
ব্রায়েনশঙ ।

অদুবু,
সিমতংদি খঙডি
নীংতম্ববু বন্দি
ওইহনবা ঙম্মী হায়বসিদংদি ।

অদুনা
কাওখায়রো
জেলগী থোঙজাও,
কীন্থহল্লো
মরোল নাইরবা চেক্লোনশিং ।

ইশানা ইশাবু
ব্রায়েঞ্জনবগীদমক
নীংতম্নবগীদমক ।

# লীক্লয়

পাওনা,
নঙগী নীংতম্বগী হুমাং
কংদ্রিনে ঙসিসু।

হুমাংদনা চোৎলবা
নঙগী হকচাংদা
হুনথিবা মিহুল
মায়থীবগী নভ্তে।

নাস্থোরক্লি
ঙসিসু
মমাগী মতম্পাক্তগী
চিংলেনম্না কয়া কয়া

থাদোরক্লি,
কোনশিন্দুনা থম্বা ঙমদ্রবী
মমা ওইবীশিংনা
নঙগী লীক্লমদা।

# মপী মপা

করি তৌরিগে ?
অঙাংশিংদুনা
কপ্পা লাউনরিবদু,
থেম্বীয়ু।

মখোয়না পান্নিবা
পেন্দ্রিবদু
করিনো হংবিয়ু।

নঙগী নচাবু,
নঙগী নুপীবু,
মীতোপ্পা থেম্বা
ঙমগদ্রা ?

নচা ফাওবা
থেম্বা ঙমদ্রবদি
করি কান্নরি
মপা ওইরুবগী।

# নোংথাং

খুমখি,
অমুবা নোংনা
নঙগী নমিৎ।

হোৎনখি
নঙনা ব্রানা
নপি তানা,
অমুক্তুং পাঙথোক্লবা।

ফৃদোকখি পাঙ্গল অরৈবা পূম্বসু
খুমজিল্লিবা অমুবা নোংগী
লোনশিল্লিবা খুৎশাবু ফক্তোক্লবা
অদুগা মঙজখি মঙলান অমা
অনকপা হকচাংবু অমদি অকোয়ববু
য়েংজনিংবগী খঙজনিংবগী।

# অহিংবা

হিংলি,
অশিবশিংগী মরক্তা
মনম নমথিরবা
অহিংবশিং
অপুম্বগী
নুংশাশ্বর হোল্লদুনা।

# বলিগী হামেং

ঐদি
ইমা নঙগী শিয়োম্মুংদগী
তাইবঙ ফাওরকপদা
ওইরম্রে
বলিগী হামেং।

ঙক্কা থৌরী থূরদুনা
ইখোঙ ইথূৎ পুল্লদুনা
ইয়াদা ফীবুল নম্রদুনা
বলিগীদমক শেম শারম্রে।

## মৈ ঈক্লবা চেক

ঐ
নঙোন্দা করিসু
খূৎ হনবা ঙমখিদে
শান্নখি নঙনা
পেন্না,
মনুং থীৎনা।

অদুদগীসু
পেল্লক্লদুনা
নঙগী অনৌবা কুম্মৈগীদমক
লংশিল্লী ঐবু মৈনুংদা।

খাঙখি
খা চীক্লদুনা
মৈ ঈক্লবা থম্মোয়সিনা
মৈশা লিশিং লিশিংবু
শীংনরদুনা ।

# নোংঙান্দ্রিবা অহিং

অহিংসে
নোংঙাল্লক্কনী খনবদা ব্রায়।

ওসিনা করি থোক্লগবা
হয়েংনা করি ওইরক্কদবা
হায়বা
তম্বা ঙন্নক্কবসিদা।

# লিন অমসুং হওোই

কয়াদা হৌনা খোংখিবা
শিনিংদবা থব্রায়দুনা
শিরমদাই মীৎকুপ্পুদা
অমুক্তুং কনবিনবা।

অসুম উমশিনখি
উনা উনা য়োৎশিনখি
কনবিবগী মহুৎতা।

# অমুবা চন্দনে

পোকথায়রকপদা বম,
নোংমৈ মরূশিংনা,
হুকপিরী
নুপাশিংগী ওকশমদা
থৌনাফবগী লৈ পরেং,
থিনবিরদুনা
নুপীগী লাইবক্তা
অমুবা চন্দন।

## অতুম্বা মৈগী চীং

তুম্নবা মীথীনজৈনা
ঐগী হকচাংবু
মচেৎ মচেৎ খিনগাইদুনা
চাকহল্লবসু অচাকপা মৈরীদা;

মদুগী চৈনাদু নত্তে
ঐনা হৌজিক ফাওরিবা,
নীংতম্ববু মাঙহনবীদুনা অশিবা
ওইহনবিরবা
ঐগী থম্মোয়বু
মচেৎ মচেৎ
খিনগাইবগী চৈনাদুনি।

ওমদুনা চাক্লিবনি ঙসিসু
ঐগী হকচাংগী
কয়াৎ খূদিং
পোকখায়রক্লবা নোংমা।

# পোদোন

কৎথোকচবা শারি
নঙগী পূন্সিদি
নুমিৎনা অমম্বগী মথাদা চোংশিনখিবগা

অদুগা
নশাগী অমম্বা নমিদি
কোকহঙ্গবা ঙমদরী।

# মকু

ঐনা মঙলাক্ল ঙৈদগী
হোংলমদ্রি,
ঙসি ফাওবা
মকু,
নখোয়গী শাজৎ-লীচৎ

অরাওবা নমীৎনা
মঙালবু
মায়োক্লবা ঙমদনা
নাখোক্লুনা তুম্রি।

অদুগা
অমম্বদন করিগী
অদুক হৈ-শিংলি
চাক্কারি।

## কাঙ্গ্লাল

শুম্বিরি
শুন্মাৎয়াই পুরবী
নিদ্রাগী অমুবা শম্বুল থোক্নুনা
অহিংবশিংবু,
অশিবগী মিতম লাক্নুনা।

কৃপ্নি
কৃপ্নবা লংজানা
পারবা কুরাংবালগী
উবা ওমদ্রবা অমোৎপশিং।

শিরি
তুশোম্নরবা তৃমিৎ কাওশিং
চঙলুবা মীকুপ্তা হিংনবগীদমক
খৃবাক্তা অওম্বশিংগী।

লোৎলি
থাখলসিগী মনুং
সংসারগী অরোনবা কয়া
মঙালনফাওবা ওক লীৎশিল্লুবা ওমদনা।

# মাঙলক্লিবা

থোনবিরকই
ইমানা নুংশিনা,
অঙাং ওইরিঙৈদা
তুংগা ফনেক।

অদুবু
হৌজিক্তি ঐ চাউরে
শেৎনীংদরে ইমানা থোনবিরকপা ফনেক
লৌথোক্লে ইশানা পামজনা।

অদুগা য়েংলি
ইশানা থুগাইজরিবা
অকায়বা মীংশেলদা
ইশানা ইশাবু শকথঙজবা ওমদনা।

# পুংথরবা খোঙফম

শূরগা চানি থঙদ'খৈ
নোম্রম্বা পু পু,
চহি মঙা ফমশেন্নবদা
কোরী খূদোপ ফাওবা য়াওখি।

পুপুনা
অরোইবা খূৎ থারমদাই,
শিরমদাই মীকুপ্তুদা
শিন্নরম্মী,
থকপা লোইরমদবা
তিকি ঙাস্থক অমা।

চাকখি মৈখাক্নুনা
চাউরবা মৈবুল ওইনা
লৈজবা পূম্বা অমত্তা খাক্তনা
পূম্তুম তুম্না।

# পি

কপ্পনুবা,
শুমথরদুনা লৈজবা পি মখৈ
মুশুক মুবা মায়থোঙনা
ফোৎননবা হোনবগী
থাজবা শুক্লে লৈত্রবা
শেগায়রবা
খাঙপোকসি য়েংদুনা।

পাশিল্লক্লে
খাংপোকশঙগী অহোবা মফমশিং
মীৎকী পিনা থুমজিল্লক্লে,
কনা লৈজদ্রবগী হাঙলবা খাংপোকসে।

# অশিবা

নঙবু কাউথোক্লুনা
লাপ্পা চৎলুই
পোৎলুম কয়া কোকথোঙনদুনা
ঐতগী ওইবা সংসারদা।

কিখি,
তূক্কৎচখি নঙবুদি
অদুবু
চৎলি অসুম
নতূং ইন্দুনা লাপতক্লা।

নথানুংদা য়াহিপ্পরবদা
সংসার পূম্নমক কাউখি
য়াওরমদে করিসু
ঐগীনি হায়বা অমত্তফাও।

## ট্রেন ষ্টেসন

লাওদুনতা লৈরবা
নুমিৎ চূপ্পগী
অহীং, নুংথিল
পোৎথাবা নাইদনা

নিল খোংবা মরক্তুদা
নাউশুম্বগুম অশিবনা
তূম্মিন্নরি,
তারু-তারুবা মফমদা
মমা-মপা মশক খঙদবা অঙাংশিংদো।

চাকনী ফিনিরী,
মরেক কারবা খূৎশাশিংনা
মীগী ফিজী ফিনা পায়দুনা
চারী
চরী তৎলবা মবূক্তুগী
মশাগী মউন খোক্তুনা
পায়শিল্লদুনা শিংলী উতোংশিং চেৎনা।

করম্বা মপোক নো
নখোয়না পোক্লুবা ?

নশাগী নরায়বক্তা
খোঙপাক্লা হয়া হয়া কাওজদুনা
নরক্কী কোমদগী কাখৎপা ঙমদনা
নশক নগুণ খঙদনা লেল্লিবা।

করম্বা মতমদা থিবিরকথিনি
কুণ্ঠীগুম মখোঙনা খোংনা লাক্কুনা
মপা মশক তাক্কুনা
নখোয়বু মচানি হায়না ।

## কোঞ্জেং-কোকফাই

থোল্লি থক্তা লৈপুং
খাদা খোং তৌদুনা।
অকুৎপদা লৈতৌরী
অতোংবদা লৈথোল্লী।

কোঞ্জেং-কোকফাই নঙগীদি
শুজ-নোমজ নরম্না
পোৎলূম নম্বো ওইরিদো।

মপূক মপূক থম্নবা
শূরিবা ভিক্ষারী নঙগীদি
হুমাংতনা চীঙ্গাক্লী।

# ফীরাল মায়ওন চুম্বা

কুমগী নোংজু অমুক্তা
লৈহাও কাহল্লনন্নবা
থোল্লবা মপূক্কু
চাউবা অসুম হেঙ্গৎলকই।

শাংদোরকই খূৎশিংসু
কোয়রাম লাগ্নকই অমম্বদা
কাচিন কোইয়া থুংনা।

থিরকই হীপ্পা চন্নবা মফম
লোঙ্লবা মমায় ময়ামদুগী
মাঙ-তুং কোয়য়েং য়েংলদুনা ।

# নুপী

হায়সনু হায়নীংবা অমা
ইকাইথীবীবু হায়গেরা
পাঙ্গল শোনবীবু হায়গেরা
লৈনাদগীসু হেন্না
থোৎলবা থম্মোয়নীবু হায়গেরা
হায়বীয়ু হায়বীনীংবা অমা।

কৌবীয়ু কৌবীনীংবা অমা
দুর্গাবু কৌগেরা
ভৈরীবীবু কৌগেরা
হায়বীয়ু হায়বীনীংবা অমা।
অদুবু য়াওরি নুপীগী থম্মোয়দা
য়েক্লবা চামা চামগা
লাম্বা পাবা ঙম্বগী থৌনাদুদি।

লৈরাংলক্কগী হায়রগা
শারবা মালেম লৈতঙ্গায়থক্তা
থোৎনা লৈশাৎ তম্রিবী
অখাঙ কনবী লৈবাক্লেনি।

নত্তে ঐখোয়
ফক্লাং মরিনা কোয়শিনবা
মন্নবা কাথূনুংদা
ইশাগী নীংতম্বা পূম্নমক
নমশিন্দুনা লৈগদবা ।

চৎকদবনি ঐখোয়
নুপাশিংগী মাঙ থাদুনা
খূত্তা মৈরা পায়দুনা
ফিদম্নফম ওইরবা
ফিদা অমগীদমক।

# খোঙচৎ

যাত্রিক্লি ঐখোয়
লমথুংফম মান্নদ্রবা খোঙচত্তা,
চৎমিন্নরকপনি
শূপ্নগী লম্বী পূল্লম্বা মতেক অমথক্তং
খোঙবু ওইনা।

য়ৌরক্লবদা খাইনা লমখায়না,
চৎনখি
কনানা কনাবুসু হন্না য়েংনরমদনা।

## অমুবা থৃং

লামশিল্লক্লী
থাংপোকশঙসিগী মনুংদা
মুশুক-মুশুক মুবা
লাইথৃংশাংবীগী শাংলবা থৃং।

কোয়থি থিরক্লী
শচি মমাগী
থম্মোয়গী লন ওইরিবা
মচা শচিবু ।

# কাশ্মীর

অঙৌবা উননা
মফূৎ মফূৎ হোরবা
শৌদোক্তুনা কীস্থত্রবা
হকচাংশিংদগী চেস্থরকপা
অঙাঙবা ঈথেংতনা থূন্নবা
থৌনা ফবগী নৎত্রগা লানশীংনবগী
নোংমৈ চীন্দোম্না শৌ শাদুনা
নওগী কোক্তোনবু তন্নি।

লামশিল্লক্পী
খূৎ লীশিং লীশিংনা
কল্লকপগী, য়েংথিবগী, মিহৌবগী
নওগী ফীজি ফিনা পায়গদবগী,
শোক্কদবগী
ইজ্জৎ য়াওদনা লানফা ওইহনগদবগী।

অদুগা
নওনা খাওলি,
শান্তিগী খোঙ্ফমদা লেপ্তুনা
লাইবক্তা বীরচক্রনা লৈতেংলবা
তূমখুন তানখ্রবা নচাশিংবু
নতম্বাক্তা ঈংনা য়াহীপহল্লদুনা ।

# দুর্গা পূজা

দুর্গে,
কূল্লি নমাঙদা
বলিগীদমক থব্রায়শিং
মঙক্তা অথৌবা থাঙশাংনা নন্দুনা
শিবগী পূংফম ঙাইদুনা
নঙবু পূজা তৌনবগীদমক থৌরাংলি।

অঙাঙবা ঈথেং উবদা
মতিন চোরবা ভক্তশিংনা
লেপ্পি
লাইমাঙ থুংনা কোয়শিন্দুনা
কূম্মৈ ওইনা য়েংলদুনা ।

# ইম্ফাল সহর

য়েংবদদি
শকহেনবীগুম উহল্লি
ফজরবা মায়থোঙদো
লৈতেংলিবা লৈতেংপোৎশিংদুনা।

অদুবু নুংদদি,
ওইরম্রে মোৎলবা তুক্কৎচরবা
মীওইবনা শেম্বা
লূখাক কোমদা
ফীভম শোক্লা পুখরবা
কয়াৎ খূদিং নমথীরবা
মফম খূদিং হন চঙলবা
খোঙদাফম লৈত্রবী অমা।

## ফাদোক

পীক্লবা মীহুৎথোঙদগী
উবদি ফংলে
মপালগী তাইবং।
থাংদোকপদি ঙমদরে ইথোঙসিনা
থোঙলোন মাপন লোনথ্রবা
ফক্লাং মরিগী কাথূনুংদগী।

# কোক পান্দবা জীব

হায়রোই ঐ
অমুক হন্না হায়ররোই
মীবু ফৈ হায়না।

খোম্লাংগী মহাও কাউখ্রব কান্দা
ইমা ফাওবা তুক্কৎচরক্লে।
অদুনা হৌজিক্কী,
ওন্নীংলে
কোক পান্দবা জীব অমা
মশাখক্কগী খনবা।

# লৈকংলো

খম থেংলবা মীওইবগী চাওখৎপদা
খাঙবা ঙমদ্রবা উপালশিংনা
তৎতনা মূক্লে
অঙাঙবা চীংমায়শিংগা ।

চেম্থখি চীংমায়শিংনা অসুম
ফূক্তোক্লবা উপালশিংবু,
উরাশিংনা কন্না ফায়
চেম্থরকপা চীংমায়গী লৈরীকশিংবু
তনৌ তনৌরবা য়েন্নীংথা অমগীদমক্তা।

ঐখোয়দি নোক্লী
প্রকৃতিবু জয় তৌবগী
অহাঙবা অতিয়াদা কোক থাঙ্গত্তুনা,
অদুবু খন্থবদি ঙমজদ্রি
কৈদৌঙৈ পূনশিনগনি হায়বা
অমত্তা ওইনা ফজহনবগী
অশংবা চীং অমদি
অশংবা উপালশিং।

# থাজবা

পুন্সিদা
হেল্ল' পানগী চেঙলৌদি
মীকুপ অমগী লীক্লানি
মক্ত্র' নুংগী ফজবা
অমৃতনি তাইবঙগী ।

ব্রারক্কী তয়ান নীংথিবা
অউবগী লৈতেংনি,
তাউজীং মহৈ য়াল্লবা
থীরবা থৈবোঙ হৈরাংদি
মহাওতগী চীন্দম্মৈ।

# কাণ্ড

অমোংপা পাংথী কোমথীদৈ
অমম্বতবু থিরদুনা লাকলি
মখোয় পূম্নমক,
ঙুং ঙুং ঙংলদুনা থিরি
অহোবা অমদি ফি থুংদবা মফমশিং ।

চূপ্পি ঈ
লায়র-অনং
অশোন-অনাশিংগী ।

মপূক থল্লবা
মুন্থরবা কাঙবুনা
লেঙঙম শাঙমদ্রবা মশাশিং
থূপ্পি অমম্বদা ।

# অথৌবা

লৈগী শৈয্যাথক্তা
নীঙাইদনা য়াতারিবা অথৌবা
নঙগীদমক কপ্পরোই ঐ
থস্মোয় শোক্লা ।

মরমদি
ঐগী মীৎকী পিসি উরগা
নোক্লগনি নঙনা ঐবু
পাঙদবনি হায়না ।

# অপেনবা

পীবিবা তারবদি ঐবু
ইরানগীদমক
অহকপা দথি
পীবিগনু,
পাওদবা মীকিথী অমগুম
অহিংদা লোন্না
ইমায় ইমীৎ খুমজিন্দুনা
অচীকপদা পুথোক্কুনা ।

পীবিয়ু,
ইমা-ইপাগী মমাওদা
অথৌবা থাওশাও পায়দুনা
ইশা পূম্বা অমত্তা থাক্কনা
ককথৎপিয়ু মতৎ-মতৎ
য়ানথায়বিয়ু শিংকুপ শানা ।

অদুগা
পোকপদগী শুকলান লাল্লক্ত্রিবা
নওগী খোওপাক্কুনা
নেংথায়বিয়ু ঐবু চবেং চবেং ।

# শৈরেং

কবি
নওনা ইখি শৈরেং কয়া
সমাজসিগীদমক্তা নকোক থুগায়জরদুনা
লৃপ্তুনা পুন্সি শিন্থা কয়াদগী হেন্না
মরুওইনা।

অদুগা ওইরী
মমল য়াওদবা চেথি চেঙুম,
য়োম্নদুনা, শিংজু, বোরা, ঙারী-ঙাতাই
তারি
ওফিসকী দষ্টবিন মনুংদা
ক্বা কোদাঙ মরক্তা ।

# য়েমীংথা

খোংলরে
য়েমীংথাগী নোংঙাল্লকপসিদা
মশীং লাকঙমদ্রবা
মরোল থোক্লমদ্রবা চেক্লাশিংনা
মনা পূংলবা অশংবা উনাশিংগী মরক্তা
হরাওনা মনীং তম্মা।

অদুবু,
তূম্নি ঐদি
তূমশীং ফাদ্রবা
পাঙথোকপা ঙমদ্রবা ইমীংসি
নোংঙান্দ্রী খম্মা ।

# নীংতম্বা

হে নীংতম্বা নঙনা
পুদুনা চৎলি
মৈ ঈক্লবা থম্মোয় কয়া
লোম্না-থূপ্না
নথানুংদা চেজেৎ কোনশিন্দুনা ।

নঙগী পম্বুংগী খোঙচৎনি
ঙসি
সনা সোরোক য়াংবীথক্তা।
অঙৌবা ফীজোলনা লৈতেংদুনা
কম্বীগী মৈখুরক্তা
মোংফম তান্না পুরিবা হকচাংসে।

হায়য়ুনে,
মসি নত্তবা অমমুক লৈরিব্রা
নঙগী পম্বুং ।

## লম্লোনবা

ওল্লি
কারবারব্রালাশিংনা
চেঙ-হব্রাই সের ফালাদা
থাঙ্গৎলদুনা
ঐখোয়গী চাকথাউদনা নূং।

মখোয়না হাপ্লি হাপ্লীংবা পোৎ
অদুগা
পুনশিল্লী চেৎনা
মাগী অনীংবগী মখা পোলহল্লদুনা।

তত্তনা ওল্লি
নূং অমসুং চেঙগী অরূম্বা
পায় পায়দুনা চাকথাউ
সের ফালা মথক্তা।

# নাশিখোংদা

কাপ্লরে !
কদোমদনো ?
করমনো ?
কৈসু কি, মথীসু কি,
থিঙেন্দা তাইনবা ঙমদ্রগা
নাশিখোংদা তাইনৈ ।

অদুনা ঐ
মীরোং নংত্রবসু
লোংতবা য়াদে ।

# লানফম

হকচাং মনুংদা চেল্লম্বা ঈনা
মপান থোরক্লে থিংবা ওমদনা।

মশক মমায় খওদনা
ঈহিং নাহিং শানা তারিবা
অশিবা হকচাংশিংগী
মরক্তা চও চওদুনা
থিরি মচাবু কৌদুনা
মচা কায়নরবা মমাশিংনা।

থিবা খওলক্লবদা নোক্লকই
মখোয় মশেন য়েংন-য়েংনরদুনা
মথবাক শেৎ কায়জরদুনা
ব্রোং ব্রোং শৌরিবা
নুমিৎকী মৈশাগা লানশিংনরদুনা

# খোই চোম্পা

মিংতা হৈবা ঙারুম্বা
ঙাগী ঙারম য়েংদুনা
খোইগী খোইচাক থারিবা।

ঈরেন ঈফম য়েংদুনা
অচাবা ঙামি থেন্নিবা
তোয়না খোইচাক তন্নিবা ।

মীহৌরুবা লেম্নেদি
খোইচাক্কুনা মৃত্যুনী ।





অঙোম সরিতা দেবী খৃঃ কুম ১৯৮২ ইংগী জনুৱারী তাং ৪, থাংজ নুমিৎতা ইম্ফাল ৱেষ্ট ৱানগী ফয়েং খুঙ্গংদা পোকই। অপোকপগী মিং অঙোম নিংথৌ অদুগা অপোকপীগী মিংনা অঙোম ওংবী অঙৌৱৈ দেবী কৌই। মচীন মনাও তরেৎকী মনুংদা অইবীনা মরিশুবনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা ইনিংবগী ৱাখল কয়া লৈরক্লবসু, কনাসু তানফম, হায়নফম লৈতবনা পূন্নমক নমশিন্দুনা থম্বা তাখি। খৃঃ কুম ১৯৯৮ দগী হৌনা শৈরেং খর-খর 'পোক্লফম' খবরদা চোইনা চোইনা ফোঙবা হৌরকখি। হৌজিক মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটিগী সংস্থান অসিদা মেম্বর ওইরি। হন্দক ফোঙলিবা 'অঙাঙবা গুলাপ' হায়না মিংথোনবা শৈরেং লাইরিক অসি অইবীগী ইহান হান্না পুথোকপা লাইরিকনি। অইবী অসি হৌজিক হৌজিক লম্ফেলপাৎ ইম্ফালদা লৈবা এন. জি. কোলেজদা মণিপুরী ওনর্সতা বি. এ. তন্নি।